# শিঙেল নাচোম

( অহানবা শরুক )

৬০ শুবা থুংই :-

ইজবা :-

শ্রীএলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ
এলাংবম লৈকাই ( লৈরক-মচা )
কৈশামথোং, ইম্ফাল ।

মমল ৪,০০

ফুইবনা ফোংদুনা :—




লাইরিক ফংফম :- লাইরিক য়োনফম খরদা



অহানবা নম্বা—শোক—১৯৮৫ মার্চ্চ

কোপি—১,১০০

লাইরিক নম্ফম :—ললিত প্রিন্টিং প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# শিঙেল নাচোম

ৱাহৌদোক :—

ম'মিংগী শুমদি হেন্দোকখি
শেমজবা ঐনদি পাংজদা
লাম্তোকচনিংবনদি খোইরাংজ
ইতিক-ইপা নংতে খঙনা
ফংজবা লৈচন থরদ্না
শেমজবা শিঙেল নাচোম,
লৌবিত্নুনা হরাও তরাম্না
চিনবিয়ুকো নাপদা
ফজবা মাইথোংদবু তাংজবি
ওইহনবিয়ু নিংথিবা লৈতেংগী মতেং
হাপিয়ুকো পাংজন্ত্রবগী থৌনা
য়ালহনবিয়ু শেমজবগী মহৈ থরদং······ ।

অইব :—

# শিঙেল নাচোম

## হিরম — লমাই


| হিরম :— | | লমাই |
|---|---|---|
| ১ । | লৈরাংগুম্ববী মপোকসে | ১ — ৮ |
| ২ । | উরিরৈ | ৯ — ১৩ |
| ৩ । | চিনি চম্প্রা | ১৪— ২১ |
| ৪ । | কোনবিরৈ | ২২ — ২৫ |
| ৫ । | লৈপাকলৈ | ২৬—২৯ |
| ৬ । | কুন্দো মালিকা | ৩০ — ৩৫ |
| ৭ । | শিরোই লিলি | ৩৬ — ৪৯ |
| ৮ । | মুক্তা-পাথং | ৫০—৬০ |

# লিঙেল-নাচোম

## লৈরাংগুম্বী মপোকসে

কবি ঙইরগবা মপোকসে
কয়ম তম্বীরগবা লাইবক্তা
অথোই অহেন পামজদে
অচৌ-অশাং কল্লকচদে
স্না-লুপা মিগৌজদে
মণি মুক্তান কৈদৌনি
থম্মোই থম্মোই তিম্মজ্রবা
মপা ইপানা চানজ্রবদা,
অয়েম্বা ঙইরবনি মপোক্তো
কানজ্রবনি পুক্কিদো ।
য়েক্লবন্থ থমজরোই
কানি চাবস্থ পামজদে
জুবার শাম্নবদা ঙংজরোই
য়ু থকপস্থ হঙ্গোইজৈ
লাইর-অনংদি লাইবকিনি
ময়ম মোকপদবু খোইদাজৈ ।
অচুম্বা চংপনা মহৌশা
শাজং লিচং কজবদা

ঐগী পুন্সি লোমজবা
মতুনা ঐগী লাইনিংনি ।

ইমল লৌতুনা থাজবিমু
অপুং অউন চাওতুনা

লৈবাক কুম্মৈ ওইরগা
করি তোংজবা লৈরিবা ?

লাইর মী-শীংনা থুম্মাৎলবা
রানা হিংনরিবা তাইবংসিদা

লেম্লগে হাযবগী মতাংগুম
অথোই নাপলবু পামজদে ।

অতোনববু শিভনবা
লাইরবমু নোরবা

মতুনা করি কান্নরিবা
মতুনা করি তোংজারিবা ?

মিংকি কুম্মৈ ওইনবা
তৌবা ভম্মী মতাংগুন

লাইর অনং মমাংদা
ইরল লৈদো উৎপবু

অপঙবনি খন্দোকসি
অরেম্বনি কাওফদে ।

লৈজবা মাগী মরলবু
লৈবাক মাংদা লেননদনা

লোম্না থুপ্পা থমক্তনা
মরোমদোম পেঙ্জবা মপুক্সি
মক্তুনা মাগী লেমজবনি
থ্বাই তারানস্থ শিংথাননি।

অচৌ অশাংনা কনানো
লাইর-অনংনা কয়ম্বনো
মীওইবগী মপোকসে
অমতনি অমতা.......।

কনাগী মতেং লৌদনা
ইশানা ইশাবু য়ারক-চা
অফবা লম্বীদা চংশিনবা
নিঙ্তোল ওইবিগী য়াইফবনি।

ইপা ইপুবু মু·শিজ
অহল লম্মনবু য়াহন্দা
ওঝা গুরুবু খুরুমজা
জ্ঞানগী লম্বীবু নিজহুনা

লৌশিংগী মঙাল ফংজবা
অসিতনি পামজবা—।
নিপিগী মপোক ওইরবা
চৎনবী মতমনা থুংডরবদা

ইনিং ইথা তমজরোই
মতম চারে থংঙবদা

ইশাবু ইশানা খংজনা
চংজগে অচুম্বা লম্বীদা।

নুংশিবসু থমজরোই
অৱাবসু নংজরোই

তমখিনা বাবা মহাক্কি
লাইযেংবা তমদে হায়নৈদো।

খাংজমক্রবা ইপাক্তা ইমাক্রবা
ঐগী ইত্তিক ওইজদে

তমথিবা মাগী খল্লাক্তা
পুন্সি কয়া মাংনরিবা—।

মপোক অসিগী খংজরোই
যেক্রবা মাগী মশক্তো—।

মঙং অসিনি হায়জদে
মতৌ অসিনি খং-জদে

মিংনা তাকই থম্মোইদা
নুংঙাইবনি খন্দুনা

ইরাংথক্তা তাওকবা
নুংশি ইথক কাক্রবা

এতম কুইদে খারকপা।
ইমাক্লেদো ইম্মাইদা

কনবিনবা কনানো
উরক্রবা মতমহুদা

হিক্লা হিক্লা কণ্ডুনা
খল্মোইদুংদা ওমচাক্লা

বানা পুন্সি লেজবা
ওম-খোইনা খাংজব।

কনানদি উবিগনি
কনানদি খংবিগনি।

পোমশাংনবি লৈয়াংনা
খাংডুথক্লা কেম্বগুম

অমম্বা পুন্সিগী লম্বীদা
নৌনবুদি খেংদাকবা

অমুক হনজিনবা য়াপত্রা
নিঙোল ওইবিগী পুন্সিদো।

নিংবা কাইনা লেনবা পুন্সি
কায়া বানা খাংগবা ?

নিঙোলগী মপোক ওইরবী
নোংমা খাংখিবা খোংথাংদা

পুনপ্ত্রবনি ইশাসে
চৎনবিগী থৌরিনা

মমাংচৎত্তা খল্হোবা
মচুনা ঐখোইগী য়াইকবনি।

ইশাগী ইরৌশিং লৈজরবা
বাখল ফিলেপ কারগা

চংনবী লানকমদা খোংদাহুনা
তাইবং শিন্থা পাংথোকপা

মহুনা ঐখোয়গী পাঙ্গলনি
মহুনা নিঙোলগী থৌনানি।

নিপা নিপি খেন্নবা
মতমগী ইচেলনি কাওফদে।

নিঙাইদনা লৈহুনা
হোরেল হযেং ঙাইরিবৈ

পুন্সি মমৈ ওইখিবা
থংহোরোইদা মতমদো।

ইচৈ-ইশিং তমহুনা
তুংগী ললবু তান্দুনা

থম্মোই খুদুম চন্দুনা
ঙাইজপেকো মতমদো।

লেপ্পা লোনথুপ্নহুনা
হৌজিকিদা থন্দুনা

নিঙোল ওইবিগী পুন্সিবু
শান্ন-পোৎকুম থনফদে

অনিয়ক শুহৈদ্রবা খোংথাংদা
থাথল শাপ্পা শন্দুনা।

অবোল লম্বী চংচরোই
পাগকি খোংথাংনি কাওফদে।

তাগুনা পোকলপা মীওইবা
কৌজেং হারৌগী মতৌগুম
মৈরানবীগী শাজৎতা
ইতোমতা থবাই থাজবা

মতুনা করি তোংজরি
মপোক অদু অরেম্বনি।
ওমর কনানো মীওইবা
অঙ্কবা মিংচৎনা শিদবনি,

মতুতবু তাম্নবনি
গুম্নদবগী বাদনি।
শিদবা পামেলবু থাম্নশি
তাইবং ফম্বাক্তা চোংদুনা

পোকপগী থৌদাং শুরশি
লেংদ্রবা মিংচৎ তাল্লশি।
হৌজিক্তীদা থন্দুনা
অরানবা বাথল থাদোক্লসি

পুকচেল খোইজেল তিন্নবা
অমতা ওইরা লিচিংনা
থাংচেৎ মচি লাংদুনা
নিঙোল থৌদাং শুরশি।

অনৌবা যুগকি লম্বীদা
অপনবা লৈতনা চংশিনশি

ঐঙম্বী ইতায়োই খিবিক-ও
চিংথবা লৈতনা থোয়ক-ও

ঙসি হয়েং ঙাইরিবৈ
হৌথিবা খংহৌরোই পুন্সিসে

মিহৌ-চাওবা থোইমুনি
পাজল কনবা মপোকনি

অকন অয়েং শিংনদনা
নোঙ্গবনা ইথৌ ওই

হায়জবদা য়ায়োইদৌবা
তাইবংদা কনা লৈরিবা।

তৌবা ঙম্বনি খন্দুনা
চংনবী আইনবু কান্দুনা

ইকাই ইকি খঙদনা
নিঙোলগী পুন্সিবু মাঙহনবা

মীওই অহু মা প্রসন্ন
অমুক হন্না থোরক্ত্রশম্ন।

অনৌবা পুন্সি লৈকোন্দা
ইনিং তম্না শাৎলগা

ইহৈগী মৈয়া পাইহুনা
তাইবংদা মঙাল পিরসি

শোকপশী থৌদাং ঙম্নি
লৈমাংঙমবী পুন্সিসে।

---

# উরিরৈ

পামেন্দা য়েৎপনা মহৌশা
নত্তোমতা হৌবদা লেমজদবী
য়েৎচবনা নংগী নথৌদাং
তাংজবনা নংগী নপুন্সি
পকচবনা নংগী শক্তম ওই
তাইবং খুৎশেম চংদনা
তম্মকপনা নথৌ পাংথোক-চ
পীথোরকপনা নংগী ফজবী
য়েৎচবতনা নপুন্সি ওইজবী
হাদা শিঙেল উরিরৈ ;
লৈরাং কোলোই নিংথিবী
মিংগা শাজৎকা চুনবি
শিঙেল নতৌ উবদা
শিংথানরি তাইবংনা।
তম্মকপা মপুগী শিন্থা-ওই
লৈরাং ওইবী নংহাক্লা।
অনকপা পামেন্দা য়েৎচবা
পামেল ইপুক থোইচৎনা
মিপান তাংহনা হিংজবী
অতোনবা মপোক্তা পোক্লবী

নয়োমদোম লেপ্পচবা ঙমত্রবী নংবু......।

মতিক খোকপা লাক্নগে

পামেল ইশুন থংহনগে

অশাও নুভোন কাখিহুনা

মালংবা মাগী মতেং লৌ

অকনবা মোংলৈ থু:শিংকী

তাঙ্গা চাবা ঙাইহুনা

শিঙেল নংবু খদংহুনা

লমথাংদবু মাংহনগে

তাইবং খোংনেংনহনগে

থংঙোইত্রদো মতাঙুম

হায়না হুয়বু লাক্রুবদি

শিঙেল করি মতৌনো

খাদোকপীগনুকো মতাঙুম

পামেল ইউদা চেৎন-য়েং

কনা লৈজত্রবীনি মওংঙুম

পাঙ্গল শোল্লবী মপোকসে

লমথাংদা ম:হনবীগনু

হায়জবগী মতাঙুম

তনৌ-তনৌনা থাংজনবী

শিঙেল মতৌ উবদা

খোইনা নেমহুন থুংশিবী

পামেল পুক্লিংবু ওল্লিদা।
শিঙেল নংবু লাক্লকবা
পামেল ঐনহুম ইকাইজ
নাপন ইশাহুম তেকইদা।
তম্মকপা মাগী মহৌশা
অকাও পরৈনক্ববা
মপুগী থুংশেম থুগাইবা
ঐগী ইতিক ওইরমত্রে।
থোইনা হেম্মা নিংথিবী
পামেল ওইবা ঐহাক্না
লৈরাং নগুন খংঙুদবা
অপং লাংদা থুরুবা
কলক-মাংদা চাংশ্তা
ইকাই ফিরুক খুম্মেদো।
লৈরাং নংবু মুংশিবী
ঐগী য়াবা তাবোকো
পামেল কনা খংত্রিগৈ
নং ঐ অমতা ওই
নিংবা কাইরবা পুক্সিসে
শিঙেল লৈশাং তমহুনা
হিংমিন্নরশি মপোকসে।
লৈরাং পুক্সি মাংহনগে

খল্লুবা ঐগী ৱাখলবু
পামেল ইরাল ওইজরগে
কনা খংহন তাইন্দা
পুকচেল থোংপি নহাক্তা
মিঙ্গুংশি খংবী ওইহুনা
নোংমদোল লাইজ ইরিক-ওই
কংলবা ৱাখনবু এনিং হুন
আসাগী ময়োল চোংহনবিয়ু।
নৌজবনা মপোক ওইরবী
অশাওবা কয়াবু মৈ-মুংনবি
খোইমুশিংগীদি থৱাই-ও
কুমগী মতম ওইরহুনা
শিঙেল লৈশাং তম্মকপা
লৈরাং লৈনম তাবদা
লৈহি পাম্বা খোইশুনা
হৱাও মখোই কাহুনা
লৈরাং তম্না পাইরকপা,
খোইমু লৈরাং মতৌ য়েং
পামেল অৱা পোথাজ
পাইম-ইচিক থেমজরগে।
লৈরাং নংগী নওম্না
পামেল ঐবু শকখংবী;

পাইম-পূক্লিং চাওখোক্ত-চ
কনাই মতোংনা নৎতেদো,
শিঙেল নংগী নপাম্না
নাপন তৌনা হৌজক্কে।
মপান তাংবনি খঙ্গুলগদ্ব
শিঙেল নংগী ফজবনা
পামেল ঐনা লেমজবনি
অমুম্নদি খঙ্গোকউ।
ইশক ইতৌ থিরবা
পামেল ইরাল ভাক্তুনা
য়েংলিংবদা ননিংতম
লৈরাং লৈশাং তাম্মোকো—।
থাদোক্লগুমসি পুন্সিসিগী
অমতা ওইনা হিংমিন্নসি,
অকনবা নোংলৈ মুংশিত্তা
শিঙেল উকম ওইদুনা
লুনা চান্না থমজগে
চেৎনা য়েংতুনা লৈবিয়ু
থাদোক্কে থম্নগুমসি পুন্সিদা
নং ঐগী মপোকসে
পামেল ঐগীদি থবাই-ও
হাদা উরি-লৈ-ও-উরিরৈ।

# চিনি-চম্প্রা
## ( লৈরাং-খোইমু )

লৈরা অম্যা— শিঙেল চিনি চম্প্রাও
লৈনম্মা নগুন ওইরিবি
পিকতকপা পামেলগী মতৌগুম
নশা নরে'না পুংথন-থন
মনানদি - পুংয়োম-য়োম
শাংলকপা লৈনম্মা তাইবং-শিন
লোম্না থুপ্নবু শাংপদি
তম্মকপা মাগী শিন্থারা
লৈখোক্লা কোচি থাংলিবা
তনাথবা খোইমুবু য়ারকপি
লৈরাং খিবিক্কী মতে' লৈ
মক্ষম কৈদবু শাংলিবগে ?
নম্মা লৈকাই পল-ম্লানবী
শিঙেল লৈনম তাবদা
খোইমু পুক্নিং কোইঙাওনা
ঙ'ঙ-ঙাংঙ পাইরকপা
লৈরাং লৈশাং তুম্মকপা
ননালক্লা লোংখিবা
চিংজাও খোইমু লৈহি-পাম্বা
অশাও থাম্বী মৈহৌনা

অকন-অরেং শিঙহুনা
লৈরাং লৈখোক তম্মকপা

তাৎ-তৌবা খোইমুবু লাক্লবা
নিঙোল ওইবিনা পেঙ্গেদো।

অশাংপা লৈকাদা য়োঙমদা
শাখপ তুফাং য়ৈহুনা

মালেম লৈমাই তম্মকপা
কল্লক পেল্লিদকো ইতারোই।

খোইমু অমা— মপুগী লৈকোন চিদাইদা
মফহুনা লৈরিবী মুজা—ও
মপু মাগী খুংশেমদা
তাইবং লিলা শাম্নবা

থরাই তানা য়েংহুনা
খোইমুবু মরাল শিরিবী

পেঙ্গদহুনা শোঙ্গবা
খোইমু কনানা বারৌবিরোই

লৈরাংগী মপোক ওইরবিসে
খোইমুগীদি কনানো- ——।

য়েলহৌগৈদা হায়জবা
মুজা ওইবিবু পেলহনবা

লৌনম লাংবু থাক্তনা
থুরবা শক্তি অমোমগুম

খোইমু কাদা লৈরবা
ইথুং চন্নবা কান্নুদা

এনী শুইরে থংঙবা
লেংঙরোই হায়বা মতমদা

খোইমু ইনিং-তম
শিজেল তরাই তশোন্না

কশি করম তৌরিবগে
হন্না কাওবা য়েংবিদা

খোশাদবা খোংখাংদা
খোইদাবা শিজেল খন্দুনা

অনৌবা লৈরাং কযাগী
নুংশি সুংঙোল ইরাংদা

হরাও মথোই কাহুনা
নিঙাইদনা লৈথোকপদি

শিজেল শুইবী নখোইনা
খালি লৈকোন্দা চাওখোক-চ

হাইনা হন্নবু শাংহুনা
খোইমুগী অৱাবা ঊথিদা

পাখং কাদা লৈরগা
লম্বন শিংগে খন্দুনা

ইথুং চন্নবা ছোংনবদা
শিজেল পুক্লিং পোনহনবনি।

2873/Man



মঙু থংনা চংচৌদো
লৈয়াংগী মপোক্তা পোকলবী।

লৈরাং—
শাজল শোল্লবী মপোক্কি
মীহুংশি থংত্রবা মহাক্তো

হে-ইতা চিনি চম্প্রা
মতিক খোকপা লাক্লসি

লমচৎ নাইদবা খোইমুদো
থম্মোই পান্দবা মহাক্তো

শিংঙেল নাক্তবু নকহনগুমসি
ইকাই খ'দবা মহাক্তি

ঐথোয় অমতা ওইহুনা
মাগী শকক তমগুমশি

কৈদৌজরদগে মত্তাগুম
অথোই নাপল কাবদি

মতিক থোকপা লাক্লসি
লৈরাং ইতিক থংহনশি'

পংগুমশিকো চান্নবী
মথুৎ চল্লগা চাওথোকপা

ঈশিংদা তাওবা কাওশিংগুম
তুরেন্দা লান্নবা হিরেনগুম

মঙুং লেল্লগা কাওথোকপা
অহুগুম্বা থোইমুদো

লৈৱাং ঐখোয়গীদি য়েরুবনি
মশক মুন্না খংদোকশি।

খোইমু— নপাও তাবদা মুংঙাই--হাই
তন্না-চাকপু চান্না ৱান
কে-কু লোৎপি শান্নতুনা
উ—ন্নাওবীবু তান্নরিবা
অঙাং নব্রা অপিখক
খোমলাং মনম্মু কোক্তিব্রা
নৱাশিংঙী পুকচেলগুম
চিকুবুদি ৱাতানবা
ইশি শিনতুম নোকনিংঙি
খন্নিবতুনা চুম্মবদি
নোংমদোন লৈচিল লেংঙরোই
যন্না উরোক খোং লাল্লনি
লৈতান্না শাব যন্না খোংবগুম
শেবোক্তা মাইরেন পানবগুম্বনি।
লৈরাংগা খোইমুগা
ঙান্নুগা খোংবানগা
মমানা মচা পম্বগুম
তৎনা থানবা য়াত্রবনি।
কায়নবা ন্নারোইদোবা মহৌশা
মপুগী খুৎশেমনি খংজো।

লৈরাং— পাইব্রেদো নাপন-চাওবা খোইমু অসে
শিঙেল পুক্লিংমবু মায়াত্রবদা
হুইগা হৌদোংগা
ঈশিংগা থাওগা

ইতা ইবেম্মা চিনিচম্প্রা
থুকউ শেনশি ঐখোয় পুম্বা
অপং লাংবু থাদোক্নুনা
তু গী লম্বী য়েংহৌশি।

ঙসি কৌবা নোংসিদা
পন্থৌপী ইংখোন চিদাই ওই
শিঙেল নংনা লৈশাং-তম
লোংপা য়াত্রবা লৈমম্মা

নতাগী থম্মোয়দা য়ৈরবা
পাওজেল হৈবা মালংবনা
কোয়না চৎতুনা হুমখিবা
ইতারোই কয়া লাক্নুনা

শিঙেল নংবু হেকপ্রপনি
মখোয় কনা থংত্রিদৈ
শিঙেল নংবু হেক্নুনা
মুক্তাগী শাইনোল থাদবু-চিন

শিঙেল লৈনম তাবদ
পাথং কয়াবু কোইঙাওনহনগে

হেক্লগেকো চাম্বী
অপুংবা ননা হায়দোক্লগে

কৈদনোনে শিঙেল-ও
মফম কৈদবু শাৎলিরগে

নিঙোল ওইবিগীদি তেংবাংলৈ
খোইমুশিংগীদি তাথি-রৈ

নত্তা ওইবী ঐহাক্না
শেৎন-খাইনা থিজবা

ইস ! নিংথিজনা শাৎল্লেদা
লৈরাংগী থক্তা কোচি-থাং

অশংবা লৈচু পাদোক্তুনা
নাপুগী ফিজোন হোংহুনা

শিঙেল পুন্নম শাৎলম্বা
নিঙোল পুক্নিং হরাওজৈ

কোচি থক্তবু থৎলগে
নিঙোল নাপদা চিল্লগা

ইতারোই নংগী নপান্দগী
মিহৌচাওবা খোইমুদো

নিঙোল ইপা লান্দুনা
পাইঙম্মোইদো ইতারোই

ডংঙ ডংঙ শৈশক্তা
নিঙোল মাইথোং তম্মকপা

কনাগী মপান্না নঙ্তেদো
শিঙেল নগুম্নিদো।

কোচি থাংবী শিঙেলনি
তাইবং থ্বাইনা থংনরবস্থু

নিঙোল ওইবী ঐথোয়গীদি
পাথং থম্মোই কোংন-লাং

কাওঙমদবা কিসি-কি
মুজা মতেং পাংন-লৈ

খোইথুম্লবা লৈনমগুম
তাংনা শাংপি শিঙেল-ও

লৈনা অমতং থুদোল-ওই
পাথং কাদা য়ৌথিবদা

অকাও লৈমন চন্দ্রবী
নমিংগা নগুনগা চানবী

মুজাগী পাওখোললোই শকহেনবী
পাথং পাইমা লাংথাকপি

হাদা চান্নবী ইতারোই
চিঙ্গুরগেকো নাপদা

নিঙেলগী খোনা হাপ্লিয়ু
মুজাগী ইতেং পাংবীয়ু।

হাদ শিঙেল মুংশিবি
চিনি চম্প্রা-ও চিনি চম্প্রা।

# কোনবি-রৈ

হাদা ইতা :—

লম্ফেল নরা কোনবিরৈ নমিং তাবদা য়েংনিংরী
নপাও তাবদা খোইরাংবী
পোইরৈ কৈদবু পোকপিনো লমদম কৈদবু শাংপিনো
হাদা শিঙেল কোনবিরৈ।
লৈরাং নংগী মপোকসে শিঙেল নংগী পুন্সিসে
অসুম্নদি হায়নৈদো ;
শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র মহারাজনা পাল্লিনৈগী সনা হাক্তক্নি
নিংথৌ খনবা মহাক্নি
কোলোই মিংলেন হায়রগা শাবি বোরাচাওবগা
সুরা মাইসু পেমচাগা
মুংশি পরৈনখিবা চিংঙুবা মাহাদেব খুরখা-চৎ
লমলেন য়ারল পাত্তবু
শিঙেল নংনা হৌরখা মুক্তা মানা খোইদাক্তরুবা
পামু কাদা পাওমেন্নজা
মুংশি য়াবাবু হিকতোক্তা চিংগোইনজবা ওইবা মহাক্না
শিঙেল নংবু ফুক্তুনা
লম্ফেল পাত্তবু থাক্খিবী লৈরাং লৈশক উবদা
থোইন-হেন্নচুম মুংশিবি
শাবি-শানৌপীদি খুদোল-লৈ মুংশি পরৈ পুন্ন-লৈ

লৈমাং দ লৈপূল চেংন-লৈ
নিঙোল ওইবিশীদি লেমজ-লৈ পাখং শিম্বা পাংথোক-লৈ
শাবী-শানৌ নিংশিং-লৈ
শিঙেল নত্তৌ উরগা মুক্তা পুক্লিং মুংঙোনবী
পাইম পিবুক নৌছৌ-লৈ।
লমদম অসি য়েংঙু রগম্নু পাংকি ফুম্মাই অরিবা
অমুবা মচুবু ওন্দুনা
লৈখা তাদবা মালেমগুম নোমক্কেং নোমক্কেং মওংগুম
পাক্ল-শন্না নিংথিরবা
লম্ফেল পাংকি পাংয়াইদা শিঙেল নংনা হৌজবা
কয়াদদি নিংথিজবা,
শজিবু থাগীদি থাজিন্নি থৌগংলবী ঋতুনদি ইথৌ-লাং
মপু মাগী থৌশিন্না
কোরৌ-থক্কী লাইজবু মালেমদা চোইনা থিকথ-রক।
পেঞ্জরবা উথুম্না
হরাও মথোই কাহুনা মুংঙাই তাম্বা পিহুনা
তুম-তুম হায়না খোংলকপা
চেক্লা মত্তৌ উবদা মালংবা মাম্নু পুক্লিং পেন
লোইবী চিংখোং চিংয়াদগী
লৈনা লৈনা হুম্মকপা তাঞ্জা অসি ফংলবদা
শিঙেল ওইবী নহাক্লা
থেক-থেক নৌগ-নৌ লৈনা জগোই শারকপা

হায়না হুয়া শায়বা,
মতো অসি উবদা তামনা কৌবি চেক্লাস্থ
থম্মোই মরাং হৌরক্কনা
লোইবী মিংগী নাপোম্মদগী তাইবং পুক্লিং শুম্মাংনা
তাম তাম হায়না খোংঙকপা,
হরি কৌবি চেক্লাস্থ অপেনবা খোদোক্ক উবদা
অয়োবা খোঙ্গাংনা শৈশক্কনা
মপুগী থৌগান তৌজবা, লাইবক কৈদা ইতারোই
মপোক ফনা পোকইদা।
অচুগা ইতারোই মুংশিবি শিঙেল ওইবী নহাকপু
অগুয়স্থ শৈশক্কনা
তাইবং অবা পোথনৈ অথংবা থরদং শোঙ্গগে
তাবিযুকো চায়বী,
কোনবু তৌবগমু কোনবিরৈ কোনবু হৈবী নহাকথক্কীদমক
পাখং কণ্ডাওনবেদো,
তাইবং শৈশক তাবদা শিঙেল নাকোং শিংজা-য়ৈ
খাংজবা গুমজদবী মপোকনিনা
ইকাই মুংশি য়ায়-না তাইবং মিরক্কগী লাপথোক-চ
অচিকপা লমদবু হৌবরা
অকনবা শউমু কিজবী চিংয়া তময়াদবু পামজবী
হৌকম চাকম খজবী
লৌবুক লম্মাংদদা হৈনবী, খোইদাজবী নংগী লমদমসে

পুলিশিরী থাদোক্লমু।

পকচবা ইতাগী হৌকমসে থুমিং থানা থোকলিমখৈ
শোয়হৌরনি তাইবংনা।

শক্সিবু থাদবু কুমদশী শিঙেল লৈশাং তমহুনা
অনৌবা কুমগী শকুম-লৈ-ও
লৈয়াং নংবু হেক্লগা শিঙেল অরেম্বদা মাংহন্দা
তাইবং য়ুমথোং খুদিংগী
চৈরাও হৈজাও লৈ-চল ওই লাইনিংথৌ খুতম য়োৗজহনা
মপুগী থোৗগল ফংজবী
পোকচবগী লেমনা মাংক্রবী পোইরৈ লমদম্বু শোয়হনবী
শিঙেল ওইবিশিংগী লেমজ-রৈ
নিঙোল ওইবিশিংবু কোনবী, হাদ ইতা কোনবিরৈ
ও-কোনবিরৈ।

———

# লৈপাক – লৈ

কালেনগী শারবা মৈশানি লৌবুক তুরেল ইকং-থা
ওয়-থোয়না থাংন-থা নোংলৈ মুংশিংকিদি মকুম-থা
লেমলৈ তাগিদি হয়াও-থা
থয়ো থম্বালগীদি পেঞ্জ-থা।

তাংজবী শিঙেলগিদি য়েংনিংথা লৈরাং লৈশাং তম্ম-থা
লাইজ হুঙোইগীদি শৈশক-থা তাইবং জীবগীদি ওলাং থা
খোয়াংগল্লবি নোংগৌবিগীদি
লোয়া চিক্লা থাংন-থা

লাংঙম্বুবি কোবি চেক্লাগীদ লৈহাও লৈহি চুপ্ন-থা।
তনদন কৌবি মহাক্লিহ্ মকুম মথা ওইন-থা।
শিঙেল থম্বালগিদি খেঞ্জোং-থা
লৈরাং থরোগীদি কেজ-থা।

হৈপাল লৈপাল খুদিংনা মালং মুংশিং তাম্বাদা
হয়াও মথোই কাহুনা হাইনা হুয়া শায়-থা।
নিংথিবা কয়াগা লোইননা
মপুগী থোগন ফংহ-থা।

ইথৌ লাংলবা থোইমুগিদি হয়াও মথোই কান-থা
ঙংঙ ঙংঙ শৈশক্লা থোইদাবা লৈরাং থম্ম-থা।
কোয়ৌ-নোংমদোন লৈচিনগীদি
থোংয়াং লমজেন য়াংন থা

নোংইন কৌবি চেক্লাগিদি শাখপ তোইনা ইঞ্জ-থা
তাইবং জীব কয়াগী ছুমিদাং হকচিক লাংন-থা।
ওলাং মৈশা থাংজ্রবগী
থাজগী-মণ্ডাল পামজ-থা।
অহিংগী মমৈ ওইরগা হৈনম লৈনমগা লোইননা
মলয়া মুংশিংনা চুম্মকপা তাইবং ইচিক থেমন-থা।
নিংথিবা থাজগী মণ্ডান্দা
পাইমা পুক্লিং পেঞ্জ-থা।
কালেনগী মৈশা লকশিদা কল্লবা লৈতংগাই মরক্তা
শিঙেল লৈশাং তমজবী হাদা লৈরাং লৈপাক লৈ
-তৌ মান্দনা অথাং কনবি
থাজদনা নগুন লৈবি-ও
শক্তা নথৌদাংগা খেন্নবী তনৌ তহেন্না নিংথিবী
থোৎনা মেঙনা লি'জেন ফবী থাজদনা নগুন লৈবি-ও
করম্না থাগৎতনা তোকনি
শিংথানিংঙাই ওইরবী নংহাক্লি।
অঙকপা নংগী থৌদাংনি অথাং কনবি নংগী নতোবু
লৈরাং কনানা ঙস্বগে শিঙেল্ল কনাগী মতিকনো
মালেম লৈকোই পুংশিদা
লৈরাং নংগুম্বদি য়াওদ্রেদা।
শিঙেল ওইবী নংহাক্তি কুমগী নোংবু কল্লক্তা
নিংথম উলেনবু তুংওইনা রাকচিং থাবু থৌওইদা

অশাবা কয়াবু মাইয়োক্পা
কালেনগী লৈতংগাই মরক্তা
থাজদনা লৈশাং তম্বদি মপু মাগী খুংশেমদা
অত্থুম্বা ওইয়ু তমথ্রবোই ওক্তবরু ওমদেদা শিঙেলং
হৌফম তাক্তনা শাংলকপি
নপুম্বা তাইবংদা খুদোন-তম
অঙকপা নংগী লিচংপু লৈরাং কনানা ওম্বগে
শিঙেল ওইবী নংহাক্তি নোংলৈ মুংশিংপু মায়োক্ন
শরৎ থাজবু খৌওইদা
বসন্ত ঋতুবুসু কল্লকউদা
নিংথিবা কয়াবু মিতাক্লদা নপাম্বা হাম্বা পাও-তাকপি
ননানা কোম্বা পাওখুম্বী লৈরাং ওইবী নংহাকপু
নমু তাইবং কনানা
অত্থুম্ববু পাথোং চন
পলেম মমা পোক্তনা মমোম হাম্বা শাংপি
শিঙেল লৈরাং কনানো কোলোই মিংলেন করিনো।
মুক্তা পাথং কনানা
অঙক লাংদা থুহনা
চঙক-মাইওক্লহনা বাথল পাইমা কুম্বংনরবদা
নিঙোল পাথং কনানা অমুম্ববু চিংগোইনৈ,
লৈরাং কোলোই হায়রগা
শিঙেল "লৈপাকলৈ"

অহুম্নবু পাখোং-ফোঙ লৈরাং নংবু শিংথানৈ।
হায়দোকলকপদা চুনবি খম্থরুবদা পামুবি
শিঙেল লৈশক য়েংঙগা
থোইনা চেম্না মুংশিবি
পুন্সি তেনবী ইভারোই নিংঙমদেদকো চান্নবী
কালেনগী অরা মৈশা খাংবদা লৈরাংগী পুন্সি তেন্দুনা
থা ঙ্ থক্তবু কেম্বরা
কলকইদকো কল্লকই।
থল্লুবদদি থাংঙমদা মিংকি পিবু ইরা-চেন
শিঙেল হৌফম য়েংজৈদে, অহুম্নবু খল্লকইদো
থম্না থক্কী লাইজঙ্গুম
তিংথৌ মতোনগী লিক্লাগুম
নৌনা পুন্সি কেমথিবি ইতারোই নংবু-কৈদনো ?
থিক্তনস্থ ফংলরোই কৌক্তনস্থ লাক্লরোই
নিংনা শোম্না লোইরেদো
অহুম্নবু তেংথাজৈ।
হল্লকখোকো ইতারোই ওল্লকপা কুম্বু ঙাইজগে
মতমত্নদা উনশি কাইনগুমশিকো মপোক থুদিংদা
হম্না হম্না পাওমেজ্বা
কাওনগুমশিকো ইতারোই
চান্নবী নংগী পুন্সিগুম অথাং কনবি ওইজগে
হাদা-শিঙেল চান্নরবী লৈপাক-লৈ। ও-লৈপাক-লৈ।

# কুন্দো মালিকা

মালিকা— হাদা ইভা কুন্দো-ও

পোমশাৎনরিবী ইতারোই পুখ্রিমপান্দদি ইঙৌ-ঙৌ

হাইনা হুন্নদি শাৎপবু

কনবিনবা কনা লৈহুনা ননিং মথাবু তশ্বরা?

হায়য়ুগবা চান্নবী।

কুন্দো— করি রানোদা ইভারোই

লৈরাংগি মপোকনি হায়তুনসু করিগী পংতোন-তোনগনি

থোকঅবা অমা লাক্লগনি

তম্মকপা মপুগী শিন্থানি করমনদি তৌগনি

করিগীদি পংবা বাক্লগবা।

মালিকা— অহুনি হায়হুনসু চান্নবী

ভাইবং মপুগী খুৎশেমনি থিংঙমদ্রবা মহৌশা

খোইমু মাগী মাশিন্থানি

চেন্দুনসু য়ারোইদো লোৎতুনসু হিংঙোইদো

করি উপাইদি লৈরিবা?

কুন্দো— অদু ওইহুনসু ইভারোই

নতা ওইবী ঐহাক্তি লৈরাং লৈহি চুমথ্রিঙৈ

কঙাওনবা খোইমু কাদা

নৌনা লৈমন চন্দুনা মিনোক মৈশা লাংহুনা

পুন্সি হিংবদি পামজদে।

মালিকা— য়ারোইদা ইতা কুন্দো-ও
কলক-চাওবা খোইমুনি মুনিং থুংদবা লানফমদা
নখোই ঐখোয়গী পুন্সিসে
নোংমদি থুডুম চনখিবা তমপ্রবা ঐখোয়গী লাইবক্তি
লেঙবা য়ারোইনে চান্নবী।

কুন্দো— অহুনি হায়হুনস্থ ইতারোই
পাঙ্গল শোনবী মপোকনি তোল্লবী লৈরাংগী পুন্সিনি
অকন-অরেং শিঙহুনা
নমজা-নমথেক্রবনি রারকপিনবা রাংপনি
মহু খংহনবা তাবনি।

মালিকা— ইতা নং ঐনদি য়াজরোই
মাই হায়হুনা লোংকনি চিরোল হৈবা মালংবা
পাওজেল ফবা মরমচং
মশক উদবা খোংথাংদা পাওলম্মুনিদো ইতারোই
কনানদি খিংবরান।

কুন্দো— অহুনিসে কিজরিবা
অরোনবা শাজংতা হৈনজবা লাকই চংলি খংহন্দবা
মথৌ নাইত্রবা মলয়া
লৈরাং লৈনম য়েল্লুহুনা তমখিবা খোইমুবু পাইরক্তা
থম্বদবস্থ নংতেদা।

মালিকা— অহুনিনে ইতারোই
তৌবা ভম্বা মালংবা অঙকপা নোংথাংগা লোইননা

অকনবা নোংলৈ মুংশিংনা
পামেল তেক্কা হুম্লক্লবদি পাঙ্গল শোনবিদি কমদৌনি
কনানদি কনবিরনি।

কুন্দো— মতম্ মপুগী থৌদানি
ইরাইবক্কিনি কমদৌনি চেন্দুনা হিংফম লৈত্রবীনা
নৌনা পুন্সি কেমখিবা
মপু মাগী খুজিন্নি করিগীদি চিংনরুনি
অনৌবা মপোক তানরবনিনা।

মালিকা— খুম্মকপা খুদিংদা রাংতবি
লৈশক নাইবী শকহেনবী ইতা ওইবী নংঙাক্তি
তাইবং মিনা লৈশক-খন
লৈপাক মাংদা লেম্নরিবা নগুন লোবি নংঙান্নিদো
করম্মদি ইরা লৌবান।

কুন্দো— কৰি রানোদা ইতারোই
নমিংবা মালেম শিল্লিব ননম্মা থম্মোই শুম্মাংতুনা
তাইবং পূক্লিং পেলহন্দুনা
মালিকা হায়না শোম্নরি, নতা ঐদি ইতৌদনি
মসিমম্ কাওবিগনু

মালিকা— অতুম হায়বিমুদা চান্নবি
ঐদি মিথোং হুক্তবিনি ইশক য়েংঙি কদাইনো
ইতৌ য়েংঙি করিনো
লাইবক থিরবী ঐহাক্তি লৈরাং লক্তা তিনঙমদা

ইরোমদোমতা হিংজনিংবিনি,
তাইবং ইচিক হুনগ্রবদা
থাজ মাসী মপান তাং ঐগুসী লাইবক থিরবী কনানা
মুংশি অবা মৈচাক-পু
ওয়-থোইনা থাংজবী হিক্‌-হিক্‌ কপ্পুনা
মিত্তুগী তারকপা পিনা
অতংপা লৈতনা শিম্বরক ইথোং অসি চোংলবদা
করি গতিদি লৈতা
মাগা ঐগা কপমিন্না অবা মৈচাক থাংহনা
অহিং চুপ্পা লেনমিন্নেদো
অস্থুমা পুন্সি হিংলিবি লাইবক খিবি ঐনিদা
মনাক মরুচবা ইক্লিক নংচদে
লৈরাংগী জাংতা পোক্লবসু খ্বাইগা মিমান্নব্রবী
মপোক ফত্রবী পুন্সিনিদা।
কুন্দো— মহুনা অথোইবা থোদাংনি
নতা ওইবী ঐহাক্তি কনাগী মতেং পাংঙমদা
ইতোমতা হিংজনবা হোৎনবদা
কনাগী অবাবা উরুদ্রে ইথৌনা লৈত্রবী ঐহাকসে
পোকপগী কাম্নব্রবা পুন্সিনি
ইতৌনবু করি তৌননি ইশরুবু করি কাম্ননি
অম্মেম্বা ওইরবা মপোকনি;
ইতা ওইবী নংহাক্তি অথাংকনবী পুন্সিনি

নতুং ইনশি ইনঙমদা
শোঙ্গবদা ঙাইরবী করি উপ্পাই লৈজরবী
পাংজরবী ঐনিদো,
চায়বা ননাক্তব নকচহনা মুংশি লৈনম্ব, তাংজগে
অবা মৈচাকপু থাংঙম্বী
লৈনম্বা থম্মোয় ইংলিবি নতা ঐগা অমতা ওই
থুৎশয়না চৎমিন্না
লংলা অমত্তদা লেংহুনা চায়-চিন্নমিন্নসি
তাইবং মাংদা লেম্নশি
মালিকা — শিংঙিদকো ইতারোই
নশক নতৌ ফজবগুম থম্মোইদম্ম নিংথিবী
মিবু পেলহনবা হৈবি-ও
ইন্তাগী মতেং নত্তনা কনাগী মিপান তাংঙ্নি
করিম্ম লৈত্রবী ঐহাকপু
থুজেং পাইহনা চিংথৎপিবা ঐগীদি লাইবক ফবনি
পুন্সিগী থাদোকচরোই নতানা
অবা শরুক য়ামিম্নসি হবাও তয়ামমিম্নহনা
পুন্সি মতোল লোমমিন্নসি।
কুন্দো — লৈনমগী নতেং লৌজগে
মালিকা — নশকী নঙানবু ফংজগে
কুন্দো — নিঙোল থুত্তবু য়োমিন্না
মালিকা — অমতা ওইবা পরেংনা

কুন্দো — বোরগী গুক্কুব য়োমিন্নসি
মালিকা — কৈন্থাগী গুক্কুব হুক্কনা
কুন্দো — পুন্সিগী তৎন-থানদা
মালিকা — লেংত্রবা থোরিনা পুনবগুম
কুন্দো — লৈপাক মাংদা সাক্ষি থম
মালিকা — তেক্ক কাইদনা লৈমিন্না
কুন্দো — পুন্সি তোলোইনা পাঙ্গবা
মালিকা — তাইবং মপুনা চানবিসম্থ
কুন্দো — মহুতনি পামজবা
মালিকা — মহুতনি নিংজগদৌবা
কুন্দো — কাওনগুমসিকো ইতা — — ।
মালিকা — কাওনগুমশিকো পুন্সিগী ।

---

# শিরোই লিলি

কনাগুম্বা অমা —

পৃথিবীগী অতৈ লৈকোন্দা কংজ্রবী
থৈতৈ লৈমগীদি মমোমলোই
শিরোই চিংদগী শাংচবী
চিংথুং তামনাগীদি চান্নজবি
চেক্লা হুয়ি-গীদি মরুপলোই
চিক্লবা লমদম অশিদা

কনা উহন-তাহন্দা
শিন্ডেল নমোমদোম শাংতুনা
লৈরম্মীবি লৈরাং-ও
নোংমদোন মুংশিং নামিবা
মালং তাম্বা। তু' ইন্না।
হাইনা হুম্নবু শান্নজ-,

কনা য়েংবিনবা য়াওদনা
অহিংদা থোকপা থাজগুম
নারক্লা তানবা মণিগুম
শিন্ডেল লৈমন চন্দুনা
অরেম্বদা মা'জবা
পামুইদকো পামুইদা।

কন্নি নিংবা থুংদহনা
অমুক নিংথিজবী নংহাক্লা
লোৎতুনবু হৌরিবা

শিঙেল ওইবী নংহাকপু
উক্লবা তাঞ্জা অসিদদি
মিৎফম হোংবা য়াদেদো।

নতৌনা পূক্লিং শুদ্ধংপী
নও'না থম্মোয় পেলহনবি
তোপ-তোপ্পা নংগী নিংথিবা— —।

নপাও তাবদা লৈঙমদা
য়ে'নিংবনা লাংতক্পা
উনিংবনা থুম্মা'খি

লৈরাং হৌফম থিরকপা
লৈশক উবদা নিংথিবী
থোইনা হেন্না সুংশিবি,

তাইবং মিখোল তাখিত্রবা
কৌজেং হারোগীদি য়ারেকফম
চি'মুং চেক্লাগী খোঞ্জেলতনা

লোইবী চিংগী নাপোমদা
সুংশি সুংশিনা খোংলিবা
শিঙেল নংগী নতৌগা

কয়াদদি নিংথিজরিবা
মহোশা কৌবি লাইরেম্বী
ফজেদকো পলেম-ও।

ঐগী পুক্লিং লৈকোন্দা
মপুং ফারবা থাজনা
ইংনা চিক্লা ঙানবঙুম
নিংথিজবা কয়াসে
হায়দোকপদি ঙমদরে
করম্নদি ফোংদোকসিবা।

য়েকপা হৈবা কনানা
হৈ-শিংবা করম্বনা
পুক্লিং হুনবগী মশকসে
চে-বাংথক্তা মমি তাহন
মতৌ অস্নুম্না নিংথীহনবা
কনাগীদি মতিক লৈরীব ?

মতৌ অসি উবদা
ঙকওইদোবা লৈবরা
মুংশিরোইদোবা কনানো?
মপুগী থোদা নিংথীবা
হৈনা শিংনা শেমমস্বা
কয়াদদী পুক্লীং হুরিবা।

পুম্নমক অসি উবদা -
পেঞ্জরবা ঐগী থম্মোয়না
অশুম্নবু শিংথাজরি।

শিঙেল ওইবী নংহাক্লা
শিরোই চিংগী চিংথক্তা
তোমথিন বাংনা শাংথদি

মৈতৈ লৈমা ইমাগী
শম্বুলগিদি লৈতেং ওই
শমজিরৈনি হায়জগে।

অসি য়ৌনা নিংথিজরবী
লৈরাং নংগী নকমদা
পেন্দবা খরদি কো'দোক্কে,

করি নিংবা থু'দবনা
পাঙ্গল শোল্লবী নংহাক্লা
অবাংবা চিংথক্তদা হৌবনো

য়েরুবা কনা লৈহুনা
তমথিবা কনাবু কিহুনা
লোম্না থুপ্লবু শাংপন্না?

অস্নুক ফজপ্রবী নংহাক্লা
কোলোই নমিংস্থু খংহন্দা
মপি মপা লৈজদ্রবী পোম্বীগুম

নরোমদোমতা হোরম্বা
করি মতৌ কৌবগে
হায়য়ুগবা শিঙেল-ও,

তাইবং মীরোল থোক্নুনা
সেগা মাইগা ঙাংনগদৌবস্থ……।
করি উপাইদি লৈরিবা?

শাৎলিবা নংগী নপানসে
ঙমোর থুভম নংতেদো
কয়া কুইনদি লৈগনি

তাইবং কনা খংদনা
চিনাবিনবা য়াওদনা
য়েংবিনবা লৈতনা

শিঙেল লৈথোক লোয়ন্থুনা
লৈমাইথক্তা কেন্দুনা
নরোমদোমতা মাংজবা

পামুইদকো শিঙেল-ও
কলকইদকো লৈরাং-ও
থল্লু থল্লুরগা নিংঙমদে।

অত্থুবুনে শিঙেল-ও
লৈরাং নংবু মিংথোনখিবা
শিঙেল নংবু শন্দোকখিবা

ইংরেজ জাৎতদি পোক্লবা
শামক্রু ইবাংমদগী লাক্লবা
কিংদোন বার্ট কৌবা

ইংলেণ্ড মচা অমগী
মথৌনাদা চংখোনব্ব
অহনবা লৈত্তবা খোংথাংদা

লৈ শুগী রিশার্তা
মনিপুর স্না লৈবাক্কন্ত
কোইনা অস্থম থিজিল্লকপা

শিরোই চিংগী চিংথক্তা
থাজদনা হোৌরম্মবি
নিংথিন্তরবী নহাকসে......।

কিৎদোন—রার্ট · ......
হাদা লৈরাং নিংথিবী
শিণ্ডেল নতো উবদা
নিংবা কাইরম্বা বাথনসে

পুক্নিং তুজুং হরাওনা
তোপ তোপ্পি নংগী লৈশক য়েং
মিৎকম হোংবা য়াদনা

শিণ্ডেল নংবু মিত্তা-জা
লৈরাং নংবু খোইদা-জা
পামজরা থম্মোইনদি ইরাং-হৌ

নওং য়েংবদা পেঞ্জবী
চাওখৎ-জাৎতি ওইরবস্থু
নতোনা জয় তৌরবী

ঐগী পুক্নিং শুদ্ধাংপি
লৈরাং ওইবী নংগী
কোলোই মিংলেন করিনো
খংনিংবনা লাহৎ-লক
কৌনিংবনা থুক্সৎ-খি
তোইনা তোইনা হুংনবা
তাইবং কনা খংখিদা
ফুম্বংননা লৈগ্রবদা
অমুক্তা হেন্না মুংশিজবী,
নিংথিবা নশরুপা ফজবী
কোইনা অশুম য়েংঙকপদা
লৈরাং নংগী হৌফমসে
মনি থোকপা লৈপাকনি
নিংথিরবা চিংগী চিংথক্তা
শিঙেল নংনা শাৎপদি
শিরোই চিংগী ফজরবা
মুরৈননা শংলবা মচু-লক্তা
মুক্তানা কোংগোন খিনবগুম্বনি।
মালং ফৌরোই ইন্দুনা
লৈরাং নংনা তনিক-তনিক .....।
নতৌ অসি উবদা

পৃথি ফাওরবা মৈতৈ অগোই
ঐগী মিত্তা উথিবা
নৌহৌনবু নিংশিংঙকই।

হাইনিঙাই লৈতনা পামজবী
লৈরাং নংবু ফুরুগা
মিপুম থুদিংমক্তা উহনগে
অসুমবু থন্দুনা
শিঙেল নাক্তবু চংশিল্লকপা
মওন মওনবু থল্লকএ ?

লৈরাং ওইবী নংহাক্কা
তাইবং কনাসু খংহন্দনা
লোম্মা থুপ্পবু লৈরম্বদি
কিংদোন ঐবুতবু ঙাইরম্বনি,
ঐগী নিংবা থুংহনগে
রাজমনগী মহৈ য়ালহনগে

পামজবা লম্বী মতেং-পি
অনৌবা মিংচৎপু ফংহনগে
খন্দুনবু হৌরম্বরা ?
পুকচেল ফজবী নংহাক্কি
মৈতৈ লৈমগী মযোমনি
হায়বদবু পকচবী

নংগুম্বী পোকচবী ইমাদি
করিগীদি লেমজরোই
কর়ম্দি চাওথোকচরোই,
ইংরেজ জাৎতা পোক্লবা
সমত্রু ইরাংমদা লৈরবা
ঐগী ইতুং ইল্লোকো।
নিংথিবি ন'বু থেংনরুবা
লৈরাং নংবু ফুরুগা
লৈকোন খুদিং শাংহনগে
নংনা লৈশাং তম্মগা"
শিঙেল মেলাবু তৌজনা
লৈবাক মাংদবু পুথোক-চা
তাংনা কংবনি কোংদোকে
মমিৎ পোন়া য়েংজশনু
লৈরাং নংগী নশক-সে
থ্বাইলক্কগী তোপ-তোপই
লমদম কৈদগী পুরকপনো
লাংতক্কনা হংশনু
মতমতুদা লেমথোক্লা
শিঙেল নংবু মাংদা-থম
চাওথোকচবা থাহৈনা

অস্থমবু হায়গনি
পৃথিবী অতৈ লৈকোন্দা ফংত্রবী
মমল লাইত্রবী লৈরাংসে
মনিপুর স্না লৈবাক্তদা
তোমখিন শাৎতুনা লৈরম্বী
ফংঙমদনা ফংলবী
মনি মক্তাদগী হেল্লবি
মমল নাইত্রবী লৈরাংনি
অস্থমবু লেমগে,
পোক্লফম লমদম্বু শোম্নহন
মিতাঙসম্থু মথোইনা
শিঙেল করম্মবু পুশিবা ;
সমত্রু ইবাংমা লাম্না
লৈরাং চার পুবস্থ
পৎ-থ খুইথথিগনি
খম্বা বাখলগী মখ্বা পোন
শিঙেল মরু লৌরগা
লমদম কয়াদা থাহুনা
লৈরাং হৌনবা হোৎনবা
মফম কৈদস্থু হৌত্রবদা
হোৎনরবা খরগী তুংদদি

পোক্লকম ই'লণ্ডদা হৌদুনা
পৃথিবি শিনবা থুংনবু
লৈরাং লৈশক থংনথি
কিংদোন বার্ট ঐগী
অনিংবা কয়া থুংহন্দুনা
শিঙেল নংগী নপান্দগী

এবার্ট কয়া ফংহুনা
অথোইবা মিংচৎ ফংহনথিবি
নিংথিনা ফজবী "লিলি" নি ....।

বনাগুম্ব-অমা— তো-লৈরাং নংগী নমিংবু
তাইবং শিম্না শন্দোকথরে
অহুবুনে শিঙেল-ও

লৈরাং ওইবী নংহাকপু
উনিংবা কয়ানদি লাংতক্না
থংনিংবা কয়ানদি ইরাং-হৌ
অরাংবা চিংথক্তদি হৌথিবা
অঙাং নবাদি য়োঙমদা
পাক্লল শোনবগীদি উপাই লৈতা··।

নমিংনা তাইবং শিনথ্রবী
নতৌনা খ্বাইবু মুংশিহনবি
নরমচৎনা য়েংনিংবা পোকহনবি

কৈথেল খুদিংদা কংদ্রবী
তুকান কয়াদা য়াওদ্রবী
লুকমাই খুদিংদা য়োন্দ্রবী
লৈরাং নংবু ফুব্রগা
তমগী লৈকোন্দবু থারগে
শিঙেল নংনা হৌত্তুনা
নি'থিনা লৈশাং তমত্তুনা
মিপুম খুদিংমকপু পেলহনবা
লৈরাং করি খল্লিবা ?
চিং-তম অমতা ওই
খুংকা খুংকা শমনত্তুনা
ইচিল ইনাওশুম তিল্লবা
মমা অমতনা পোকপা মচাশুম
চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবা
লৈরাং নংস্থু চিংথক্কদে,
শিঙেল নংস্থু য়াওনবা
ক্কজনদি হৌত্তুনা
নিংথিনা লৈশাং তম্মোকো
মৈতৈ লৈমগী লৈকোলবু
পৃথি ক্কাওনা য়েংনক্কম
ওইহল্লশিকো······লিলি-ও ····· ।

---

## লিলিগী মরুওদা চাংশিন্নকপা ৱারম খরদং

ইং শোক ১৯৪৬ জনুৱারী থাদা Kingdon word কৌবা London গী মীওই অমা মনিপুরদা লাকখি। মহাক অসি লৈ-শুনচিংবগী মরমদা Research তৌদুনা থিজিন খোংচিনবগী লম্বীদা য়াম্না থৱাই য়াওব, হোৎনবদা নিংহম্নবা লৈতবা মীশক অমা ওইরম্মী। মহাক্না মনিপুরদসু মাগী অপাম্বা থৌরাং অসিগী মরমদা কোইনা চৎ-চৎতুনা থিজিন খোংচিনলকপদা মণিপুরগী অৱাং নোংপোক লমদংগী উখ্রুল মাইবৈদা লৈবা শিরোই চিংগী চিংথক্কসু য়োৱকলবদা চাওরাক্না ফুট ৭০০০ (লিশিং তরেৎ) লোম ৱা বা মফমদা ইখা থাজদনা লৈ অসি হৌদুনা লৈরম্মে, মতম অদুদ F. Kingdon word না য়াম্না ফজনা লৈ অসি হৌরম্বগা লোইননা নিংথিন ফুগাইনা শাত্তুনা লৈরম্বা অদু উবদা ইতোপ তোপ্পা মথংগী পুক্রিংগী অঙকপা অপাম্বা অমদি অপেনবা অমা পোকখি। মতম অদুদা মাপা লোইনহনকপা মীওই থৱস্থ অহুম্না ওক্নখি। অসিগুম্নবা লৈ অসি ফংলবদা F. Kingdon word না লৈ অসিগী মরু লৌদুনা London, Shilong অমদি Imphal দা লৈবা Political Agent, Mr. Grimson, দসু লৈ মরু অসি হৌননবা চাংয়েং তৌহনবদা হায়রিবা (মফম) লমশিং অসিদা হৌবা ওমখিদে, মতম অদুদা নিংগুম্নবা লৈতনা লৈমরু অসি মানা London দা পুরগা হৌননবা চাংয়েং কয়া তৌবদা মাগী মুপি (Wife) Lilium Mackliniae নসু য়াম্না থৱাই য়াওনা F. Kingdon word কী মতেং পাংদুনা হোৎনবদগী লৈ অসি ইংশোক ১৯৪৯ জনুৱারী ফেব্রুৱারি লোম্নবা অহুৱাইদা য়াম্না ফজনা শাৎখি,

মতম অদুদা F. Kingdon word নৈ অসি ঈশিংদা হৌবা থরো য়াম্না মাল্লৌ হায়দুনা "Lily" হায়না খোনখী। অমদি নৈশক অসি উবঁদা Mr. J. R Shilly নস্থ অপেনবা অমগা লোয়ননা F. Kingdon word কৌ নিপিগী মমিং লৌদুনা Lilium Mackliniae হায়বা মিংথোল অসি পিখি, অমদি Ruyal horticultural Society নস্থ ইংশোক ১৯৫০ দা London দা Chelshiya flower show তৌবদা নৈ অসিনা থ্বাইদগী ফজবা মথলগী নৈওং অমা ওইদুনা Award of merit হায়গা মিংথোন অসি ফংখি..............।

# নুজা—পাখং

পাখং—হাদা মুজা শকতেনবি
নতৌনা মালেম শল্লিবি
ফজবনা নশকুক ওইরিবি
নিংথিবদা শোম্নরিবি
শানৌ-নংবু তারিবরা ?

মুজা—হাদা ইবুং-ও শকহেনবা
করি হায়বিনিংবগে নচন্দা
পংখং যাব্রা ভাইজরি
লাইবক-থিরবি ননাওদা
চিং-বা লৈতনা তাকপিয়ু।

পাখং—হাদা ইশানৌ-ও নিংথিবি
পাখং পাইনতংগী য়াৱাসে
করম্নবু কো দোক্লশিগে
উরুবা রাংশন অদুদগী
পাখং নে ঠং ওনরেদা...... ।

মুজা—তেংথাসং মপোক্কি তৌনশা
করি লৈজদবী ঐহাকপ
অতু য়োনা মুংশিবিবা
নচনগীদি লাইবক ফবনি
পোশচ-গী মহৈ য়াঙ্করে ।

পাখং—চায়দোকলকপদদি খোইহিগুম
পুকমুংদদি কোচি থাং
পাখংদা অৱাবা হাম্নিহনা
থাংগুমত্রবা থম্মোংদা
নিঙোলগী তেম্নদি থাবিরহুদা।

মুজা—অচুম্বা বানা হায়জবা
তায়োম্নবিগম্ভু ইবুং-ও
পাঙ্গল শোল্লবি নচনজুম
লুনা-চাম্না কোনবিয়ু
ইবুংমকনি খঞ্জগে।

পাখং—থোইচংনবিঙ্গমুদা ইবেম্মা
হাইজৈ হায়বগী চাওথোকন্থ
পাখংগী থম্মোই লাইথুংসে
কনানদি লাইয়েংবিগনি
নহাক নংতনা লৈত্রবনি।

মুজা—লৈরাং ওইবি পুজিনি
হৈজ শিংজদবি ননাওনি
করি উপাইদি লৈম্নিবা
নিংথিনা হায়জবদা য়াবিয়ু
পোকমিম্নবনি খঙ্গগে।

পাখং—হন্না হন্না হায়জবদা
তমখিরবা নুডগী থম্মোই-চেন
মিয়ু শি থ দবি ওইবদগী
পাখং পুন্স তেল্লবদা
কনানদি দোষ পুবিগনি।

মুজ—মৈগী থম্মোইনা য়ানিংদা
ননজা নমথেক্লবমু
অমম্ব বাখনবু চংদনা
লৈজরিবি মুজানি
থাজদবা তৌবিগম্থু।

পাথং — নিঙোল পুকচেল থংজৈদা
খুংশিং শিংতনা উনা লেংদবগুম
লোঙ্গা লোনথুপনবিবা
তশেংবদো হায়দোকপিষু
পাথংসু মিং-নাকোং পাল্লিদা।

খুজা — হায়জিনবদা পক্লরোইদোবা
কাইজদ্রবী ঐহাক্তি,
লাইনা য়াংপা থয়াংনি
লৈতোন্দা শরু পান্দবগুম
নিঙোল ইরান শিবিদুদা…।

পাথং — তাকপিরিবা অহনা
পুকচেল লেপ্তবী খুজানি
অউ-অউবদা পামবিনি
বাহৈ-হুনা তাকএদো
থোদোক্লদি কোংঙেদো।

খুজা — খুজা ওইবি ঐহাক্তি
খুংশি কৈপেন কাহনা
হয়াং হুকানসু ফমজদে
লাঙ্গুদবিদা ইরান শীবা
পাপকি মপৈনবু তিঙ্গনি।

পাথং — নিঙোলগী মপোক ওইরগা
হায়জবা পুম্বা তাবিদা
কোফু মনিংদা শিকপগুম
তোয়না ইকাইবা পিবদি
তম্বা ইতিক থংনিংবরা ?

সুজা।—প্ৰাথজবা পুম্বা তাবিদা
তম্বা নশোং ফনবদি
হামেংনা ধমকা তৌবনি
নিঙোল থম্মোইদা থঙ্গেদো
মৈতৈ চম্নুনি কাওবিগনু।

পাখং—লিংজেল কয়া ফত্নুনমু
খোইমুগীদি লৈরাংনি
নংগুম্বা লক্ষা লক্ষানা
করিবু'দ তৌজরনি
ঐস্নু মৈতৈ পাখংনিদা।

সুজা—পাম্বা কৈরেনগী মতৌগুম
শরাক তমগে থৌরাংবা
নিংহম্নগনি খল্লবদি
শিবা কিদবি মপোকনি
মসিমস্নু কাওবিগনু।

পাখং—অরেপ্পা রাশক্তা পুনথ্রবা
পাংথোকঅগে থন্দুনা চংঙকঅবা
নিংবা থুংত্রেমথৈ হল্লরোইদোবা
ঐগী অরোইবা থোংথাংবু
কনানদি থিংবিরনি।

সুজা—অপাম্বনা থুম্মৎখি
লাল্লি চুম্মি থঙদনা
ইকাই-ইকি লৈতনা
তাংজ মাইদবু কোন তোপ্পা
হিংবগী করি কাম্নরিবা

খোইমু—অপাম মুংশিনা ঙাওরবা
শিববু শায়-শিঙদা চল্লবা
হিংবগী কায়ব্রবা মপোকসে
নংগী নক্কমদা পিথোকব্রবনি
মসিমম্মু ছায়বিগে ;

মুজা—পোক্লবদি শিগনি
মসি খুঙনা লেপগ্রবা
লেংঙরোইদোবা পুকচেলসে
হোংহনবা ঙম্বা কনানো
নতিক লৈরগা চোংথোরকউ।

পাখং—অচাকপা মৈদা ঘি হৈবি
থোইনা হেন্না চাকহনবী
থম্মোই পাম্রবী নংহাক্লা
থৌনা ক্ষবা শাহুনা
লিংকদোবা কদাইদনো ?

মুজা—থৌহুনা চৎপা ওইথোকলোই
শিবা কিবা লৈজদে
অচুম্বগী থয়াংতা
নোক্ল থরাই থাজগনি
মশি খঙনা হনবিথরো।

পাখং—তোয়না হায়জবদা য়াত্রবি
অশাওবা রাথম্না লুতোন-কা
শিবা তারবা মপোকসে
নিঙোল নমাংদা থরাই থাবা
নমিং থিংনা য়েংজৌকো—।

মুজা—তাং ঠৈবা মহোশা
থুদক অসিগীদি নৎতেদো
ধমকানা কদম তৌহনা
নিঙোল পুক্লিং ওলহনবদি
মপোক অসিমগী ওইথোক্লোই ।

পাথং—নিপিগী মপোক্তা পোক্লগা
লৌনম্না তাইবং শুম্লাত্নুনা
পুক্নু'দা হুবু ফুম্বদি
নিঙোল নবু মুংশিক্লবা
চৌঙরো কাম্নব্রবা দেহেসে ।

মুজা—এ: করি বাথম্লো অতুদি
খুত্তগী থাং থাদোকপিযু
পাখ গীদি থম্মোইনা
মুংশি মুংশিদে চাং-য়েংবা
হৌজিক্কি তশেংনা থংজরে ·· ।

পাথং—চিরোল লাংদি থাকপিগনু
লৌনম বাহৈ তাকপিহনা
মপুক শেংলবা নোংশাবু
ঝাগে হায়না থোরাংবা
মপোক অসিমগী ওইথোকলোই ।

মুজা—থাজদবা তৌবিগনু
তাংজ জিনঙম পুকচেল-লোঙ
অওই ওইদা চাহনা
অরেপ্পা লৈতবা নিঙোল্দি
মপোক অসিমগী ওইজরোই ।

পাখং—কোয়ৌ থক্কা পাইবা লৈচিল-গুম
মচু শংনিংবা য়াবা লশিংগুম
মিকুপ পুজা থুদিংগী
পুকচেল হোংবী ওইরম্মবদি
অয়েম্বা ওইদো পুম্মক……।

পুজা— থাজদবা কয়া লৈবিরম্মু
লৌনম্বা নোং কয়া হৌরক্কুনা
অকিবা নোংখা কয়া-কুপলক্লবদা
নিঙোলগী পুকচেল হোংঙবদি
পাখংবু হাৎপা পাপ পুজগে।

পাখং—নিঙোলগী থম্মোইনা শেংলবদা
পাখং ঐগী পুন্সিসে
হুংশিবা নংগী নফমদা
ওসিদগী শিম্মজরে
ভাইবং মপুনা থংবিসম্ম।

পুজা— থাংলবা হিমালোইগুম থঞ্জগে
নরুম থুপ্লবু শাৎচগে
ইংনা চিক্লবু লৈজগে
লমখাংদবু মাংহনবিগনু
উকন ওইবিয়ুকো পুন্সিগী,

পাখং—চিংনবা মপৈনা কুপ্লবী
থাজদবা পুম্বা লৈবিরম্মু
অপাম্বা নংতে মিকুপকি
লৈবা ফংজবা হুংশিবদা
কৎথোক্লবনি পুন্সিসে।

মুজা — ইথুং চন্নবনি খনবিহুনা
মিরাইবিরবদি মাংজরে
মহুতনি কিজরিবা
মুম্বাল তোইবা মপোক্কো
নিঙোল ওইবীগী লাংকমনি

পাখং — নংনা ঐগী খরাইনি
ঐগা নংগা কাইনরবদা
খরাই য়াওজবা দিহেনা
মতম কুইনবু হিংভবদি
ঐনা নংবু থাদোক্কনি।

মুজা — খংজরে, অতুবুনে মুংশিবা
নৌনা য়ুম পানবি ওইহুনা
হিংকম চাকম খঙদনা
চয়াম পোকপি ওইহুনা
অবা ইপাক্কদি ইরাক্কঙমসিকো।

পাখং — মতমগী থোংলোই তুংইন্না
নং-ঐ য়ানহুনা
অক্কবা লম্বীদা খোংদাবা
য়ৈথাই থুগাইরদোবা কনানো
তাইবংসিদা পোকলিবরা ?

মুজা — মহুতদি কাওবিদবা
চাগোক ফবি য়েনবিঙ্গ
মচা ময়াম্না চাহৎতুনা
পুম্না পুন্সি মাংমিন্নবা
মসিতনি কম্নসিকো।

পাথং—চিরোল লাংবু থাক্কুনা
য়ারৌ শজিবু ফাবিবা
শাদানবদো নংচদে
হায়খিবা ৱানা লেঙদবনি
শকখিবা ৱাশক্লা অরেপ্পনি।
মুজা—তাকপিবা ৱাবু চাংয়েং ওই।
ঙসি কৌবা নোংসিদগী
চহি মঙাদং ঙাইবিখো
থৌরাং মপুং ফানখিসি
ইশাগী ফিরেপ চাহনখিসি।
পাথং—ঐগীনি অরেপ্পা শঙলবদা
পুকচেল পিকপ তাজরোই
চহি মঙাদবু নংতে
নত্তৌদবু য়েংঙুনা
চহি তারাহুম ঙাইথোক্কে।
মুজা—লাইবক ফৈদকো ঐহাকসে
অসিগুম্বা পুকচেলবু থংঙদব
থাজকদবা ঐনা লাক্লরে
মমাংচৎতা ৱাবিখিবা
কারিনা লম্মন শিংগনি।
পাথং—ৱাথক্লা হিংবা মীওইবা
অবা মৈচাক্লা চাক্লবা
শিরুলদৌবা পুক্লিবু কল্লিবি
নংগুম্বী পুকচেল কল্লবিসে
তাইবংদা মশিং কয়া য়াম্মগবা?

সুজা — তশেংবা মুংশিবা খঙবিবা
হায়জবদা য়াবিবা
খুজাগী পুক্সিবু কনবিবা
অসিগুম্বা ইবুংশিং কথ্বাবু
লৈরমসম্মুকো মশিং লাকঙমদনা।

পাখং — ঐগুম্বা কয়ানা থক্লিবনি
য়াই খঙনা হেথ্বাং-থাং
তুংগী রাথল খল্লুবা
লমখাংদা ইরাকবা
ঐগুম মিকপ থোক্লসম্ম,

সুজা — চান্নবি ইতারোই কয়াম্ম
হৌজিক হৌজিক্কিদা খনকদে
শাইবা কল্লগা ওইনম্মি
খাঙবা কল্লগা কম্নেন কম্মি
তুংগী পোইরৈ য়েংহৌসি

পাখং — কক্ক-মিহৌ লাংকমদা
থরাই থাগে খল্লুবা
অপং লাঙোই চল্লুবা
অচুম্বদো থেংনরবদা
অরেম্বা ওইরম্মে পুম্নমক,

সুজা — হৌথিবা মতমদি তানঙমদ্রে,
য়াকদোবা থোংথাং চেকশিন্না
প্রজি য়াইফ্ন মুংঙাইনবা
ইশানা ইশাবু শেমজহুনা
পোকপগী মহৈ য়ালহল্লসি।

পাখং—মাইফবিদি ইমা-ও
পোক্লফম লমদমদি মুংশিবি
অকন্নবা পোকপি পলেম-ও
কৌজবগী পেনবা নাইত্রবী
নিংবগী পৈথ্নে লৈত্রবী
মুজা—নচা লক্ষা কয়ানা
ইমাগী সেবা ফংজবা
পাংজত্রবা নচা ঐখোয়নি
পিদোল পাদোল্লবা মপোকনি
নি বা থুংদব ঙাকপিয়ু।

পাখং—শুফম চাফম থংদনা
ছিংনবা হোৎনবা লানফমদা
থবাই থুবাক্তা হাপ্তুনা
লাইরু-অনংগী লানফমদা
মাইয়োক্লন্নিদো পলেম-ও,
মুজা—চরাম চদৎনরবা নচাশিংনা
ইমাবু কন্নবা লানথেংনবা
অনৌবা পাঙ্গল হাপ্লিয়ু
য়েক্লবা লাম্বা পাতুনা
নোক্ল থবাই থাজগে।

পাখং—
মুজা— ইরৈপাক্কি ইজৎ ঙাকচগে
মনি পুবা লৈপাক্কি
তাইবং শিন্না ঙানবিয়ু
লৈজবা থরদং কৎচত্নুনা
ইমাগী খোজাল নিজরি

অহানবা শরু ... াইরবা

—০—



## অশোইবা চুমথোকপা

| পেজ :— | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- |
| ১০ | থোইনা নেম্নহুম | থোইনা হেন্নহুম |
| ১৫ | মকহুনা লৈরিবি | কমহুনা লৈরিবি |
| ২২ | চিংগোইনজবা ওইবা মহাক্না | চিংগোইনজবা য়াবা তুংইন্না |
| ২৮ | অহুম্নবু পাখোং চন | অহুম্নবু পাখোং চন্ |
| ৩৫ | কাওনগুমসিকো পুন্সিদী | কায়নগুমশিকো পুন্সিদী |
| ৩৮ | মতৌ অসি উবদা | নতৌ অসি উবদা |
| ৪১ | ইংলেণ্ড মচা অমগী | ইংলণ্ড মচা অমগী |
| ৪৬ | নমিংনা তাইবং শিনপ্রবী | নমিংনা তাইবং শিনপ্রবী |

———

মথংদা লাক্লোকচরগনি—

৬১ শুবা থুংই

পুন্সি লম্বী

অমদি অবাংপা লৈবাং কয়াগী

অনিশুবা

"শ্রেণ্ডেল নাচোম"

( কেঃ চু )

মথং মথং……………